# ফোংদোক্‌ত্রিবা স্মৃতি



লাইশ্রম বিনোদ কুমার সিংহ

# ফোংদোক্‌ত্রিবা স্মৃতি

লাইশ্রম বিনোদ কুমার সিংহ



অফোংবা
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ত্রিপুরা
ধলেশ্বর, আগরতলা

# ৱাহৈদোক

লাইশ্রম বিনোদ কুমার সাহিত্যগী তাইবংদগী মতম কুইনা মাংলুরগা অমুক নৌহৌননা মণিপুরী, বাংলা লোন অনিমক্ত শৈরেং কন্ন ইরক্লি। চহী অম'নিসিদা ইবা মাগী শৈরেং কুনমঙাখক বাংলা লোন্দা হন্দোকপগা লোয়ননা লাইরিকসিদা য়াওরি। মানা মশাবু, "ঐদি কবিনি / অৱাবা মীয়ামগী কবিনি।" হায়না শকতাকচরবসু মাগী শৈরেংশিংদা মহৌশা লাইরেনবী মচু মচুগী ইনফি ইন্দুনা ফাওরকলি। কবিসিগী হৌখ্রাবা পুন্সিগী থৌদোক ৱাথোক কয়াসু ফোংদোকলি, "নৱা ওইরম্বগী মতমদি হৌখরে / নীংশিং খুদম ৱারীশিংদি কাউঙমদ্রি।" পুন্সিগী স্মৃতি কয়া অকাউবগী অমম্বা তাইবংদা তিনখ্রগসু কবিসিনা, "লৈহৌরিবা খরসিদি / শথমজারি য়ান্না চেৎ-চান্না / অহল মতমগী পাম্বৈ ওইনা।" কবিসিগী শৈরেং শিংদা প্রেম, নুংশিবা, নিশা চাবা, মালেমগী শান্তি, ইমালোন, ইজাতি নুংশিবনচিংবা মথেল খিবিক চিথদনা য়াত্তরি।

অরোইবদা লাইশ্রম বিনোদ কুমারগা মান্ননা ঐসু হায়জনিংই, "ঐখোয় ময়াম পুন্নমক / মখল কয়াগী অঙাওবনি / কনামনা ৱাখলগী / কনামনা প্রেমগী / কনামনা শেন থুমগী অঙাওবনি।" তখেলদা ইমালোনবু নুংশিজদুনা চেঞ্জ নোমজরিবা ঐখোয় খরসি তশেংনমক্কী অঙাওবনি। তৌবগীদ্দি মসিত্ত মনুংঙায়'মনি। অপাবশিংসু খোংবু ওইমিন্নসি কৈদৌবগে।

রাজকুমার জিতেন্দ্রজিৎ সিংহ
জেনারেল সেক্রেটারী
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ত্রিপুরা।

# অইবগী মায়কৈদগী

মতম মতমদা মণিপুরী অমসুং বাংলা লোনদা শেরেং অমনি ইজৈ। ত্রিপুরাদগী ফোংবা ত্রিপুরা টে, দৈনিক সংবাদ, গোমতীন চিংবা মণিপুরী অমসুং বাংলা লোনগী চেকোঙ কয়াদা শেরেং খরদি ফোংখ্রে। ঐগী শৈরেং শিং অসি খোমজিনদুনা লাইরিক ওইনা ফোংগনি হায়না কেদৌঙৈদসু মঙ মংখিদে। মরূপ মপাং খরনদি লাইরিক ওইনা ফোংদোক্নবগী তকশিন্নখি। মণিপুরগী বাদি হায়জবা ঙমদ্রে, ত্রিপুরাদগী মণিপুরী লাইরিক ফোংবা হায়রবসি লাইরিক তানবগী অঙ্কানি। লাইরবগী শৈরেং মদি করিবগী থাম্ম নকুবা মরি অম লৈ হায়বসিদি ঐ থাজৈ। মরম অদুনা লাইরিক তানবগী খরগী ইশারু ঙাকথোকচবা ঙমজদ্রে।

ঐগী শৈরেংশিংগী বাহৈ বাতা শেমদোক চুমথোকপীখিবগীদমক ঐগী মরূপ রাংখেম রাবমঙ্গলর কার বাহৈনলো থাগৎচগদবা। অচৌবা খুদোংচাদবা করি লৈন লৈনমক তাইখ্রবা মতম কাইথোক পাদুনা হায়খিবিবা যাম্মুঙ রাজকুমার জিতেন্দ্রজিৎ সিংহনা লাইরিক অসিগী বাহৈদোক ইরিখিবগীদমক তোরিমল খড়বা উৎচার। ঐগী নুংশিজবরা ইনাও রাজকুমার অমরজিৎনা। অচৌবা মতম কাইহোকতুনা লাইরিক মখুম থকখিবগীদমক থাগতনা ঙমদে। লোন খংদ্রগসু অরা অনা থিদনা অকক্লবা মতমগী মনুংদা লাইরিক অমা ওইহনরিবদা শকক যাবিখিবা পুষ্প প্রিন্টর্সকী ইচিল ইনাওশিংগী শিংঙমদ্রবা লমন ঐনা তোনশিনজরবনি। অরোইবদা ঐনা তোরিমল খড়বা উৎচারি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ত্রিপুরারু ঐগী শৈরেংগী লাইরিক অসি ফোংদোকপীরবগীদমক।

লাইশ্রম বিনোদ কুমার সিংহ

# শৈরেংশিং

# ফোংদোক্ত্রিবা স্মৃতি

থমোয়নুংদা ফাজিন্দুনা থম্নি স্মৃতি
কল্লবা য়োংলীনা পুন্দুনা।
অঙাং ওইরিঙৈগী চোইজনরবা শক্তম কয়া
মখল মচু মচুগী ৱারী।

অৱা - অনা চৈথেং কয়া
কম্পা - নোকপগী ৱারী
ওয়না চওবা পোংবা কয়া
অরাং অপা পুন্নমক
থম্নি খুংফম কায়দনা
থমোয়নুংগী অচিকপা কাখন্দা
স্মৃতিগী মপান নাইদবা লৈকোন্দা।

কল্লবা তুরেনগী ইচেন্দা
তাওথখরে স্মৃতিগী শরুক খরা।
মতমগী খোঙলৈগী চৈফুদা
কাইখি স্মৃতিগী পল।
অদুবু লৈহৌরিবা থরসিদি
থমজরি য়াম্ন চেং-চান্না
অহল মতমগী পাম্বৈ ওইনবা।
ঐগী মাংখ্রবা স্মৃতি
থমোয়নুংগী অচিকপা লৈকোন্দা থমজরি
কল্লবা য়োংলীনা পুন্দুনা।

# শক্হেনবী ত্রিপুরা

শক্রোন শক্তম মপুং ফারবী
হে ইমা শক্হেনবী ত্রিপুরা
নঙদি ঋতু যৌগনবিনী, শংবান্নবী ইমানি
নঙদি অৱাং - নোংপোক লমদমগি
মচল অরেৎকী মনুংদা অমনি।
লৈতে নংগী ফিগাওদা শেলথুম মরাং কায়না
শিন্শঙগী লন্গৈদস্ অৱাৎপনি।
অদুবু পলেমনি নহাক ঐখোয়গী
নহাক অপোকপীনি।
নহাক্কী তইংলবা নথাদা
কোনবীনা থম্লি ঐখোয়বু মীৎকুপ খুদিং।

ইমা নঙগী কয়াৎ মায়থোংদা
মহৌশা শক্তমগী শক্রোন।
কালেন পাম্থাদা ইমাগী শক্তমদি অকং -মকথা ওইরি
নোংজু পম্থাদা ওইরি তরং লাইজাগী ইফুৎ।
শরৎকী লৈকোন্দা শিঙ্গারৈ পরেং থোনবীনি
থমোয় মঙাল ফুদোকপী তথকপী নুপীমচানি।
নাকেন পাম্থাদা সনামচুগী অমুন ফৌগি শক্রোন্দা
লৌবুক থন্না শক্রোনলি থমোয় লকাফন্না
অদুগা নিংথমগী অহাংবা শেগাদা
বসন্তগী য়েন্নিং তম্লবা নহাক্কী শক্তম
শুমহৎলি ময়ামবু মোংহাদনা
নঙদি ঋতু তরুক্কী লীলা শান্নফমনি।

ইমা নওদি শক্হেনবীনি
নওগী নখাদা চেল্লি অবেপ্পা লৈতনা
শক্লাইরবা মিংলেন কয়াগী ভুবেন।
খোয়াই, গোমতী, ফেনী
মনু, ধলাই অমসুং অতৈ অতৈ।
চেল্লবি অবেপ্পা লৈতনা
মশিংনাইদনা চাংগি খোংবান অমসুং ইশিংচাইবী।
মখল মচা মচাগী উচেক শঙ্খ
মাংদে খোঙ্জেল মখোয়গী।
নওগী অসিগুম্বা দৃশ্যশিংনা
অমত্রা ওইনা পুনশিল্লি
চাংমিশিংগী ফজবা পুনচেল পুন্সিখোংথাংব।
নাংথাকা নখাদা ডালখোইনা শক্লোনলি
মশিংনাইদবা মিংখোনগী চাংজাউ কয়া
বড়মুড়া, আঠারমুড়া
লং তরাই, জম্পুই অমসুং শাখানটাংনাচিংবা
নিংথি ফজ শক্তমদা শেমশাবিরে মখোযবু
শাংখংনবে নাহাবপু অমুক পার্বত্য ত্রিপুরা মিংখোন্দা।

ইমা নওদি শকহেনবীনি, চাংদমনিঙায় লৈতবীনি
নওগী নিংথি শক্তমগী যেন্দাযদা শেমশারে
শৈশিন খুৎশেমগী ঊনকোটি, উপালনা চাংলেম্লবা সিপাহীজলা
অশংবা ইথৎ নীরমহল, বসন্তগী শাদোংফম জম্পুই
মন্দিরগী কোনুং উদয়পুর অমসুং কমলাসাগর
নওগী শক্হেল্লবী শক্তমদা ঙাওরি ফজপাম্ব মীওইশিং
অদুনা নওদি শক্হেনবী তিলোত্তমানি।
মালেমগী অনিশুবা ভূ-স্বর্গনি
শক্লোন শক্তমদা নহাক অথোয়বীনি।

# অউনপোৎ

অউনপোৎ তানবদা নুপীহাৎপা
ইকাইপিবা ওৎ-নৈবা মথোন্তা শিজবা
মরু ওইবা বাথোকশিং
নুমিৎ খুদিংগী চেফোংদা ফোংঙি।

লুহোংবা মীওয়বগী পুন্সি লৈপুননি
পুক্লিং অনিগী নুংশি চানবনি
নুঙাইবগী তাংকক অমনি
হবাও নুংশি পুন্সি লেনবানি।

অউনপোৎ তান্‌বা য়াম্ন ফংতে
মবী মতা সুপ্পা মাংহল্লি।
পিবা ফঙবগী হিসাব তৌনা
মশাগী ওইজবা যাম্ন খলহল্লি।

নুপাগী মপাদি লেম্না ফম্লগা
য়াম্ন অঙ্ক খোৎলগা হায়রি
সনা ভোবি কয়া পিগনি
শিন্নগনি লুপা কয়া খুত্তা।
বাখল তৌরগা নুপীগি মপানা খুম্মি
অউনপোৎ অদুক য়াম্ন পিবা ঙমবরা?
খরদি শোয়দনা পিগনি অউনপোৎ
থাজ - য়োনবা ঐদি য়াম্ন পামলে।

অউনপোৎ তানবা য়ান্ন কন্নে
অমগী ৱা অমনা তাদে।
শেনজাও পায়বা মীওয়শিংনা
হেন্নদুম হেল্লে হীরমসিদা।

অউনপোৎকী খুৎশিন থৌরম্না
মীনুংশিসু মাংখ্রে সুপ্পা
মাংঙকলে য়ূম - মৌগি পুম্সি
সমাজকী মীয়াম পুমঙাউ ঙাওরে।

অউনপোৎ তানবা তোক্লবা
অপুনবা খোল্লাওদা লাওসি পুন্না
অউনপোৎ লৌরোই, অউনপোৎ পিরোই
নহারোল ময়াম্ন মাংজিল থাংগদবনি।

# খুঙ্গংগী শক্তম

নিংথিজবী শক্‌হেনবী খুঙ্গংগী মায়থোং
নঙগী তইংলবা শান্তিগী উখা উরুমদা
পাক চাওরবা লৌবুক লমহাং
অথিংবা লৈতবা অরংবা অতিয়া
ইশিং লেংদবা লুরবা পুখ্রি
মনানা কুংলবা হৈনৌগী হৈকোল
শাংকাইবা লৈবাংগী নুংশি লৈনম
চেক্‌লাগী নিংথিববা খোঞ্জেল
থমোয়না পামজবা লম্‌হাংগী মালংবা
ঙৌকুনবা থাজগী মঙালনা
ঐখোয় ময়ামবু
মঙ্‌লানগুন্না শুম্‌হৎলি।

হে ফজবী
নোংপোক্তা থোকলিবা
অঙাংবা নুমিৎকী কুচুনা ঙানথোইবি
ষনশেন লৌবুক লমহাং
নিংথিরবা তুরেল ফিবান
পুখ্রিগী ঘাট
উমং চীংজাউ
য়ূবী কোনা পাম্বী মতোল
নঙনা শেমবীরি ঐখোয়বু
অঙকপা জগৎ অমা।

হে নিংথিরবী

নঙগী ফজরবা শক্তম্সি

করম্না শৈথাজগনি।

নোংজুমখাদা প্রকৃতিগী অশংবা রূপনা নিংথিজরি

শরৎকী নিংথিরবা চরোৎ লৈরাংনা পুক্লিং হুইহল্লি

কালেন্নগী নোং লৈতবা

শংবান্নবা অতিয়াগী ফজরবা মায়খোংনা

মাং অনি বু শুমহৎপিরে

মঙলান নমান্দু মঙহন্নবিরে ঐখোয়বু।

# অঙাং ওইরিঙৈ

নাবা ওইরম্বগী মতমদি হৌখরে
নীংশিং খুদম ৱারীশিংদি কাউঙমদ্রি।
নিংশিংলি বারী বাখোক কয়া
বকুল মখোঙদা লৈ খুনবা চৎপা
উরিনা লেংবা লৈপরেং।
হেনৌ মখোংদা হৈনৌ খুনবা চৎপা
অমুন্‌বা খেবোঙগী মনমদা ঙাওজখিবা।
কালেম্বাগী য়াক্রবা মৈশা
ওইংলবা উগী উখাদা।
উবেং কোম্ছোবি খোংবগী মখোল
ইশিং খৌরাংনা নোংগীবীন। শ্যামবা।
হারৌগি নুংশিরবা মখোল
অমম্‌বদা চন্‌দল্‌গী মঙাল।
পুন্নমন্না পুক্নিং হুইল্লি
চাংনুংদা খনাশেনবাশিংনা খোংনা বাশি।

দগীপণ্ডাগা মতমদুদা
চরাও তখান্ন কোইখিবা।
কৈরেনগী অমুন কৌগী নুংশি মনাম
কৌনৌ কারকপগী নুঙাইবা বাখল।
বসন্তগী খারেমদগী শিৎলকপা নুংশিৎ
কোকিলগী নুংশিবনা খোঞ্জেল
পুক্নিং খোইদানা রোঙ শান্নখিবা।
কবিয়ালশিংনা ঈশৈ ফাংনখিবা
অহৌংদনা কুম্মৈ কীর্তন।
পুন্নমক নিংশিংলি ঙস্সু
নবা ওইরম্বগী মতমদি হৌখরে
নীংশিং খুদম ৱারীশিংদি কাউঙমদ্রি।

# ইমালোল

ইমালোল
ঐখোয়গী আশানি
ইমালোল
ঐখোয়গী ইরোননি।
লোল অসিনা
অহানবা ওইনা
কৌখি ইমাবু
ইমা ইমা হায়না।
ইমাগী মচিন্দগী
তমখিবা লোলবু
খংনৈ মীয়াম্না
ইমালোল হায়না।
ইমাগী খোমলাং শক্কবা ইমালোল
বিধাতাগী খুৎশেমনি।
ইমাগী খোমলাং
হাওরি য়াম্না
ইমালোলনা
লাইরিক তম্বা ফংলবদি
শিক্ষাগী মঙাল
পাকচাওনা শন্দোক্কনি
নত্রবদি অপুম্বা আশা মাংখিগনি।

দেশকি শিক্ষাদা
বিদেশকী লোল
ওইগনি অমাংবা।
লাইরিক হৈবা
ইউরোপতি
মমালোলতা
শিজিন্নরি।
জাতিগী সাহিত্য
শন্দোকপদি
ইমালোলতনা
ওইবনি।
ইমালোল ইমালোল
ঐখোয়গী আশা
ঐরেবেখোয়গী লোল

# লীংজেল মান্নবা

লীংজেল মান্নবা লীংজেল মান্নবনা
জাতি পুল্লপ্ পুনবনি
থমোযস্ পেনবনি
আত্মাগী লুঙাইবনি
জাতিগী গতি ওইবনি।

লীংজেল মান্ননা পুবকখি
দেশকি নীংতম্বা
পুবকখি মখল কযাগী
মনুংদা অমত্তা।
মপানগী আক্রমন
ভাকপগী ক্ষমতা।

লীংজেল মান্নবা নৎতনা
গতি অমত্তা ওইদে
তোঙানবা বাখল মাঙহন্ ঙমদে
তমথী মীযামবু তানথোক ঙমদে
জাতিগী যাইফ ওইদে।

লীংজেল মান্নবগী থৌদাং
জাতি অমা থৱায অমা।
লীংজেল মান্নদবা
দেশ অনি থাইবা
মমিং আন থোনবা
হিন্দুস্থান পাকিস্তান।

লীংজেল মান্নবা লীংজেল মান্নবনা
জাতি পুল্লপ্ পুনবনি
পুন্নমক্ চাউখৎপনি
যাইফদবগী মুক্তিনি
জাতিগী থৱায শক্তিনি।

# মীরমলেন

ঙাব কুলদা মীওইবনা হেল্লি
হেল্লি মাগী বুদ্ধিদসু
ৱাঙাংদা হেল্লি
শাখলদা হেল্লি
মীবম্লেন্না মাগী অহেনবা পাঙ্গলনি

মীওই মপোক অফমপোকনি
ওইনি মীরম্লেন লৈরবদি।
মীরম্লেন য়াওদবা মীওই পুন্সি
লৈত্তে কবিমত্তা মগুন।

যিশুখ্রিষ্ট, গৌতম বুদ্ধ
ওইরম্মী মখোয় মীওইবগী পূজারী
শ্রীচৈতন্যসু মখোয়গুম্না
মীওইবগী প্রেমগী লম্বী তাক্লম্মী।

ধর্ম বর্ণ কুসংস্কার
হায়রি পুম্বা মীরম্লেন নত্তে।
দেশকি প্রেম মীনুংশিদি
মীরম্লেনগী অহেন্বা তত্তুনি।

# অকিবা লালহৌ

নাকল নাকল মায়কৈ মরিদা
বারুদকী মনম।
অকি তুজুংবা লালহৌ
লেপ্পরোইদ্রা অতৈ ?

অইংবা ফীভমগী ফীরেল
অরোইবা শক্রুবরা ?
ওৎ - নৈবা অকি তুজুংবগী লাংদা
লৈপাক পুম্বা শিনথুংখরে।

মীওইবগী শক্তম মাংখ্রে ঙসি
মীওইবগীদমক মীওইবা
মীওইবনা মীওইববু হাৎকে হায়না
কন্না তান্নরি।

ঙসি পৃথিবীপুম্বা
মাঙ তাকপা যজ্ঞদা কোইঙাওনরে
কপ্পবগী খোঞ্জেলতা তারি
অহীং নুংথিল চুপ্পা।

হিংসাগী থৌদোক লেপ্পরোইদ্রা ?
করি নুমিত্তা লাক্কনি মতম অদো ?
ফৎতবা মতম চৎখিদুনা
লাক্করোইদ্রা অতৈ অফবা মতম ?



# হীদাক

নিশা নিশা
হীদাক্কী নিশা।
নিশাপুষ্পগী
অহেনবা নিশানি

নিশাগী লান্দা
নহাবোল্শিং তাণ্ডবে।
খুমাইগী মঙলান
লৈপাক্কী অমাংদা
তশেংনা অবা হৌভমগী
মমি তারকপনি।

কলম্বিয়া হৌদাক্কী হীবকংমনি
ব্রাজিল অমসুং বলিভিয়া
আমাজন হীবৈ তোর্বান্দা
হীদাক্কী শান্ত ওমথা অকি মশকনা

নিশাগী মহাও
যাম্ন কল্লি
পাউমেন পাউজেংক
করিমত্তা লৌদে
ঙাইহবি মতম
অরোইবা নুমিৎকী
মিশি চাদনা শিনবগী।

পৃথ্বী শিল্পবা হীদাক ঙাকথোক্লবা
লৈপাক খুদিংদা
মায়কৈ খুদিংদা
লৌশিংচাওরবা অমদি মহৈরোইশিংনা
ফেস্টুন পায়না খোঙচৎ থোক্লি
খোল্লাও লাওরি
নিশা থাদোক্লো হায়না।

মঙ্গচেনবা অমুবা লিংগী
নিশাগী মায়োক্তা
ময়ামগী খোঙজাং মখৌনি
হীদাক কাপ্লরোই, হীদাক লৌররোই
নাহারোল ময়াম বাশক লৌগদবনি।

# ঐগী থমোয়গী লৈকোল

ঐনা য়াম্ন ৱাখল তৌজখি
লৈকোন অমা শেম্বাগী।
লৈরাং থন্না শাৎকনি
চক্লানা তত্তুনা খোংগনি
বসন্ত লেংদনা লৈগনি
যেংবদ' নন্দন কানন মানগনি।

অদুবু ঙমগদরা?
পুক্লিংগী বাখন্দা
মণ্ডলান কয়াদ মণ্ডলিবা
বাখলগী ইপাক্তা তাওরিবা
লৈকোনসিবু
ঐনা শেমজবা।

অদুবু মীনা ঙমদবদি লৈতে
থবক্কীসু অরোইবা লৈতে
তত্তুনা হোৎনরবদি মায়পাক্কনি শোইদনা
অদুদি করিগী ঙম্লোয়দৌরিবনো?
খনখি ঐগী পুক্লিংদা।

য়ুমগী মাঙদা লৈরিবা
মফম অপিকপাসিদা
করিগী ওইরোযদৌবিবনো
বাখলগী লৈকোন শেম্বদি
বাখল অসি খন্দুনা
মংলানগী লৈকোন শেমগে খন্না
হৌগংলে থবক পাংথোকপা।

অবোইবদা মপুংফাবে
লৈবাংগী চাবানা ফজারবা
মাযকৈর্মবি খাঙিল্লবা
নিংথিবা লেকোন
ঐগী থম্মোয়গী লৈবাক লৈকোন।

# নুমিৎথোক্পা

যেন্দা অয়ুক্কী নোংপোক অতিযাদা
থোবক্লে নুমিৎ।
সনা মচুগী তইংলবা নুমিৎ
য়েংবদা পুক্নিংহুবি।

ইংনা তপনা নুমিৎ মঙাল
শন্দোকবক্লি অশংবা অতিযা শিনথুংনা
উমং চাংজাউ সমুদ্রসু
মঙালগী ইচাওদা তাওবি।

কোবৌহনবগী শক্লোন
য়েংবদা সনাগী পুখমঙুর্ম্বনি।
ভকোনগী কাবক ভুবেলথি বানদসু
য়েংবদা যাম্ন চংখোল্লি

নুমিৎথোকপদা দিনহৌবি
থবকপুম্বসু শুবা হৌবি।
নুমিৎতাবদা দিন লোইবি
থবকশুবসু লোইশিল্লি।

# বিশ্বগী য়াইফরবী শান্তি

শান্তিনা পুন্সিগী শেমশাবিনী
মাঙ তাকপা ঙাকপিনী।
শান্তি প্রেমগী ললিত মন্ত্রনি
বিশ্ব য়াইফশক্তিগী মন্ত্রনি।

শান্তি নত্তে মাঙ তাকপা পোখায় মাঙনবা
নত্তে অৱা মীগী কপ্পা
নত্তে লালগী মীহাৎথিবা
শান্তিনা শেমলি
য়াইফ মীওই মপোক ।

# অঙাওবা

অঙাও অঙাওবা
লৈরম্মী পৃথিবীসিদা
ঐখোয় ময়াম পুন্নমক
মখল কয়াগী অঙাওবনি।
কনামনা ৱাখলগী
কনামনা প্রেমগী
কনামনা শেন থুমগী অঙাওবনি
অসি পৃথিবীসিদা
ঐখোয় ময়ামদি
মখল কয়াগী অঙাওবনি।

ৱাখলগী অঙাওবা
লৈরম্মী ব্যামা
অদুম্ন লৈরম্মী
রামপ্রসাদ,
রামকৃষ্ণসু
ৱাখলগী অঙাওবনি
খংঙি ময়াম
ৱাফম অসি।
অসি পৃথিবীসিদা
ঐখোয় ময়ামদি
মখল কয়াগী অঙাওবনি।

প্রেমগী অঙাওবা

লৈরম্মী চন্তী

অদুম্ন লৈরম্মী

শাহজাহান।

প্রেমগী খুদম্

তাজমহলবু

খণ্ডদবদি

কনা লৈরি।

অসি পৃথিবীসিদা

ঐখোয় ময়ামদি

মখল কয়গী অঙাওবনি।

শেন থুমগী অঙাওবদি

ঐখোয় ময়ামনি

অসি ৱাসি

হায়বা তাবরা?

শেন থুম্ন মীবু

ঙাওহল্লি হায়বসি

ঐখোয় ময়াম

ফজনা খংঙি।

অঙাও অঙাওবা

লৈরম্মী পৃথিবীসিদা

ঐখোয় ময়াম পুম্নমক

মখল কয়াগী অঙাওবনি।

# য়াকাইরোল

হৌগৎলো মীয়াম
তুম্লনো অতৈ
পয়খৎলসি থবক পুম্বা।
জগৎসিদা কনাসু তুমদরে
ঐখোয়দা তুম্বা য়াবরা?
লাল্লসিনে পাক্লবা সমুদ্র
ওইরসিনে পুকচেল অমত্তা
খঙলসিনে জগৎকী খোঙলোয়
করম্বা খোঙথাঙদা চৎলিবনো।
ইমালোনবু খঙলসিনে
ইমাবু মশক খঙলসিনে।
উদ্রবনে ইমা অসিনা
কপ্লিবসে ঐখোয়রোমদা য়েংদুনা
ইমাগী মতেঙ পাংলসিনে
হে মীয়াম পুম্বা।

## কর্ম

কর্মনা শক্তিনি
কর্মনা মুক্তিনি
কর্মদা ফঙঙি
পুন্সিগী অপামবদি।

কর্মনা মহৎনি
কর্মনা সৎনি
কর্মনা জীবগী
অথোইবা জগৎনি।

কর্মনা সাধননি
কর্মনা ভজননি
কর্মদা ফঙঙি
ইবুঙোগী দর্শন।

কর্ম নৎতনা
শান্তি ফঙদে
কর্মনা জীবগী
তশেংবা শান্তিনি।

কর্মনা পুন্সিনি
কর্মনা জ্ঞাননি
কর্মনা মীওইবগী
পুন্সি দর্শননি।

# ঐদি কবিনি

ঐদি কবিনি
অৱাব মীয়ামগী কবিনি।
ঐনা ইরি
মীখাপোনবা মীওইশিংগী ইশৈ।
ইরি মাইথিরবা মীওইগী ৱারী
ওৎপি নৈবি মাইথি ফংবদসু
মখোয়দি তুমিন্না খাঙডি।

ঐদি কবিনি
অৱাব মীয়ামগী কবিনি।
শেনজাও পায়বা মীওইশিংগী চৈফুনা
ওইহল্লি মখোয়গী
পুন্সিদা অমম্বা।
তাইবং পুন্সি কয়াদসু
ফঙদে নুঙাইবগী মঙাল।
অফিস, আদালত, স্কুল
নুঙাইবাশিংগী ফুরা দলান কয়া
শেম - শাবনা ওইরি
মখোয়গী পুন্সি থৌদাং।
নুংশিবগী মহুত্তা মখোয়না
অতৈশু ওৎলি নৈরি
অৱা মৈশা লাংহল্লি।

ঐদি কবিনি
অৱাব মীয়ামগী কবিনি।
ইনাকখুনবা ওৎ নৈবা
মীনুংশি য়াওদবগী ৱারী কয়া
খংহনঞ্জরি ঐগী কলমনা
মীয়াম পুম্বগী মফমদা।
মখোয়গী ৱারী কয়াদু
নুংশি মীৎয়েংদা পারবদি
শোয়দনা অশুম্ন হায়গনি।
হে পৃথ্বী ইমা,
নঙগী বিজয় লৈপরেংদু
অৱাব মীওইদা শিন্নবিয়ু।

ঐদি কবিনি
অৱাব মীয়ামগী কবিনি।
ঐখোয় অৱা লাইরা কয়াবু
মতম খিবিক্তা কিখিদে,
ইশাগী থৌদাং পাংথোক্তুনা
শোয়দনা লাইরা অৱাবু
জয় তৌগনি।

# নুংশি মৈচাক

নুংশি মৈচাক নঙদি মপান নাইদবনি
নঙদি অকন্‌বনি
নঙদি নুংশিবগী খুৎশেম্বনি
নঙদি স্রষ্টানি
নুংশিবগী লোয়নবিনী।
নুংশিবা নুংশিবীগি
অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবীনি।
নঙগী মঙালদা
অপাম নুংশি থুংনরি।
নঙগী লৈকোনদা
শাৎথি কয়া
অমর প্রেমগী
নুংশি লৈরাং।
সেলিম আনার
চন্ডীদাস রজকিনী
মমতাজ শাহজাহান
অতৈসু কয়ামা।
মখোয়গী প্রেমদি
অরেপ্পানি ১মদি মপান নাইদবনি
নঙনা শেমখি
তাজমহল

প্রেমগী অমরবাণী
তাহল্লি নঙন'
তুংগী মীরোলশিংদা।
যক্ষগী নুংশি মৈচাক
রাধাগী মান থুগাইবা
কৃষ্ণনা কোইঙাওনবা
রাম - সীতাগী কাইনা মৈচাক
পুন্নমক্সি নঙগী খুৎশেমনি।
নঙদি নুংশিবগী পলেমনি।
নঙগী লম্বীদা
ফাওরকখি মচিন    মনাওগী ওইবা নুংশি বাখল
মদুনা হায়জনিংই
নুংশি মৈচাক নঙদি মপান নাইদবনি
নঙদি অকনবনি
নঙদি খুৎশেম্বনি
অচুম লাম্বিদা লমজিংবীনি।

# নোংজুথা

অরাম খৌরাংলবসু তইংবা শক্‌হেনবীনি
পৃথিবীগী মৈশামাংহনবীনি
নুংশিবী নোংজুথা
থুংলরে ঋতুগী মফমদা
মশাগী মশক -মহি
কয়াবু শন্দোক্তুনা,
নিংথিবা খোঞ্জেলনা
ঐখোয়গী থমোয় শুমহৎতুনা।

কালেনগী চাক্‌লবা নুংশান
লৌমীগি খোন্‌থোক্তবা মতম
নোংগৌবিনা ইশিং কৌরবা
মতমদুদা অনৌবা নোংগা লোয়ন্ননা
শুমহৎপগী খোঞ্জেলনা
মীয়ামগী ৱাখলদা
নোংজু পাম্বা লাকই
পৃথিবীগি শেগাদা
অনৌবা শক্তমদা
পৃথিবীগি নিংথুংহন্নবগী।
অশংবা কুচুগী শক্তম শন্দোকলি শিনথুংনা
চীংনুংদা নিনখোল্লি
চেক্‌লাগী খোঞ্জেল।
লৌমীগি পীরাং

আশাগী মঙাল শাগথলি
লবুক পুন্নমক্তা
ফৌহুনবা হৌরি।
কেয়া, কদম
কামিনী, জুঁইনচিংবা
শাথলিবা লৈরাং কয়া
মাইকৈমরি য়াম্ন মীথয়েং তানিঙায়গী মশকনি
পুংথোন, জাম, কাঁহোম্গী
শঙবান্নবা ফজবা শক্তম্না
মাইকৈপুম্বা শন্দোকলি।

নোংজুথাদা ইশিং চাওরি
লাইনাসু লাকই
অদুনা মহাক্তী
অরা নুঙাইবগী পান্দমলৈত্তবিনী।
নোংজুপাম্বান পুরকলি অনৌবা শক্তম
ঐখোয়গী পুন্সিগী ইরাৎ থৌরমদা
রথযাত্রা, মনসা পূজা
জাতিগী উৎসব
খারচি পূজা পুন্নমক্লচিংবা।
নোংজুথাদি পুন্সি তেখৎহল্লি
জীবগী অপোকপী ঋতুনি।
মহাক্তী শক্হেনবিনী
নুংশিহৈবী বিশ্বইমানি।

# নোংলৈ - নুংশিং

নোং মগুঙি অৱাং নোংপোক মাইকৈদা,
লাক্কনি নোং নুংশিং পৃথিবীদা
অমুবা নোংনা কুপখরে অতিয়া,
হু হু লাউনা নুংশিং শিংলকলে।
পাইরি উফূল, পাইরি লৈগোই,
মাইকৈমরি অহাংবা লৈত্রে।
শান্নবা তোক্কুনা অঙাংশিংদি
কোইচেন চেন্না চংফম থিরি।

চুরক্লে নোং শিংলকলে নুংশিং
বজ্রগী খোলাউদা নিকই চীংদি।
নোং নুংশিংনা কন্না ইল্লি,
উপানগী পুন্সি লোইখরে নিংঙি।
নিকই মীয়ামগী য়ুম কয়াসু
নিকই অদুম্না ফজবা পৃথ্বীসু।
মীয়ামগী থমোয় নিকপা হৌরি,
কপ্লি কিন্না নুঙাইতনা।
নোং নুংশিং শিংপা তোকখরে
কিবা নিকপা পুন্নমক ফখ্বরে।
নুংশিংথকি থৌদোক নিংশিংগনি,
কাউরোয় মীয়াম মতমখিবিক্তা।

# ইবা - পাবা - ঙম্বা

জ্ঞানগী থাওমৈ থাল্লো
ইবা পাবা ঙমদবগী লম্বীদা ঙালহল্লো।
লৈপাক শিন্না ইবা পাবা ঙমহনগনি হায়ু,
ইবা পাবা হৈবদি হেত্তবগী মঙালনি।

লাইরিক হৈত্তবগী অমম্বা মমিদা
হৌখরে মতম য়াম্ন।
অতৈ নত্তে, অতৈ নত্তে
হৌখিবা মতমদুগা অতৈ
তাল মান্নবা যাদরে।

লাকলে ইহৌ মীওইবগী পুক্লিংদা
লাইরিক হৈত্তবগী ৱাখল ওনথোকপগী।
লৈররোই অতৈ ইবা পাবা ঙমদবা,
লৈপাক শিন্না শোয়দনা ইবা পাবা ঙম্বা ওইরনি।

# ফজরবী পৃথিবী

ফজবী ফজবী
য়াম্ন ফজবী
গ্রহ - ফজবী পৃথিবী।
নঙগী প্রকৃতি য়াম্ন ফজরী
ল্যরবা পাকলবা মহাসমুদ্র
ৰাংলবা চীংজাউ পরেং
থমোয়শেংবা অশংবা অতিয়া
শোংলবা উমং
মখল কয়াগী জীব-জন্তু
উপাল - উরি
অশংবা লৌবুক লমহাং
ঋতু - ওনথোক্পা
পুন্নমকসি নহাক্কী
ফজরবা থৌদোক্নি।

হে ইমোনশুমহৎলবী
নঙগী প্রকৃতি শক্তম ওইরিবা
লৌবুক -লমহাং
ইশিং - অতিয়া
চীং - উমংনা
ফজা পাম্বা মীয়ামবু
খুৎ হৎন্না কৌরি মতমখিবিক্তা।
অদুনা মখোয়দি
থোক্লকই মপান্দা
খঙদাববু খঙগে
শক্খঙদাববু শক্খঙগে হায়না
মশাগী অপিকপা
নুঙাইবা পেনজবা
ময়ুম থাদোক্ল।

হে গ্রহ - ফজবী
নঙনা য়েনথোকলি
প্রকৃতিগী য়াম্ন ফজবা পুন্নমক
নঙগী নিংথিবা খুৎশেম্বা।
অদুন্না খঙ্হল্লি
ইচাও খরা জোবারহাবা
নোং-নুংশিং লেন তাবা
অমাও অতাকহনবা
অকিবা মশকপু
যুগ যুগতা
দেশ দেশতা।
অদুনা নঙদি
শেম্বা অমসুং মাওহনবগী পানদমলৈত্তবিনী।
ফজবী ফজবী
য়াম্ন ফজবী
গ্রহ - ফজবী পৃথিবী।

# বসন্ত

বসন্ত থুংঙরে থোঙনাক্ত
মাধবী মালতীগি মনম শন্দোক্ক
খা থঙবা লিরি হুমবা মালংবনা
চুপ্পি নোম্লিবা অনৌ-মনাশিংদা।

ঋতুরাজনা লাকপদা
তেরাগী চীংদি নিংথিজরি
খোইমুনসু ঙংবসিদি
নুঙাইবগী ইনিল পোকলি
হকচাঙ অমসুং ইমোনদা।

বসন্তগী য়াউশঙ মতমদা
হোলি উৎসব ওইরি
অঙাং অচৌ অহন নহা
রঙ ময়াম শান্নরি।

ফজবা পলাসকি চীংদা
কোকিলগী কুহু খোঞ্জেলদা
নিংথিজরবী পৃথিবীসিবু
য়েংজরি অঙকপা মীথয়েংনা।

# মীনুংশিবী উপাল

জীবগী মরূপ
জগৎকি মঙাল
যুগপুষ্বগী শক্‌হেনবী
শংবান্নাবী ফজবী
উগী উমং।

নঙদি অফনুংশিৎ শেম্বনি
অফনুংশিৎ পিবনি
পৃথ্বীলৈহাউ হেনহল্লি
ঋতুপুষ্বা ওনথোকলি
নিংথিবী উপাল নঙনা।

মীওইবগী শীংজংগী খায়াত্তা
তুমশিল্লক্লে পৃথিবীগি উ-ব্রা।
ফজবী নোংজুথা বিদায় লৌখরে
লাক্লে কালেম্বা লেঙদনা
হাৎকে হায়বগী নতাদা।

নঙতনি অমোৎকয়া শেংদোকপিরিবা
পুন্সিগী লৈফম শেম্বিরিবা
মীয়ামগী সভ্যতা সংস্কৃতি
চাবা শেৎপা হিদাক্কী গতিসু শেমবিরি
মীনুংশিবী উপাল নঙনা।

হে মীওইবগী মরূপ
নঙদি মীনুংশিগী সমুদ্রনি।
নঙগী থব্রায়দি ঐখোয়গী থব্রায়নি।
নঙগী থৌনাদি ঐখোয়গী থৌনানি।
শেমগনি ঐখোয়না নিংথিবা পৃথিবী
অশংবা উমংনা অমুক থলহনগনি
নঙগী নগুনদা ঙকলে কবি ঐদি
খুরুমজরি ঐনা নহাক্কী নফমদা।

# শরৎ ঋতু

অঙৌ নোংগী মৈপৈপেবী
অঙৌ ফিজেৎ শেৎপী
শরৎকী লক্ষী থুংঙরে থোঙনাক্ত
অয়ূক্তা ইংবা হৌরে।

তুরেল ফিবানগী চরোৎ লৈকোনদা
লিরি হুম্বা মালংবনা
শাৎলিবা চরোৎ লৈরাংবু
নোমহল্লি ঙহাকলৈওনা।

শরৎকী নিংথিবা চীংনুংদা
অয়ূক্তা তাখিবা লিকলানা
নুমিৎকি মঙান্দা
ফজরবা শকৃতম
য়েংজরি অঙকপা মীৎয়েংনা।

নুংশিবা শিংগারেগী মনম্না
তুম্বসু কাউহনলে
শরৎকী পূর্ণিমা নুমিদাংদা
শংবান্নরবা পৃথিবী শক্তম
ফজরক্লি অতৈসু শক্লোনতম্না।

# বঙ্গানুবাদ

(বাংলাদ হনদোকস্পা)

# অকথিত স্মৃতি

স্মৃতি আমি রেখেছি হৃদয়ে
শক্ত শিকলের বাঁধনে।
শৈশবের শতছিন্ন ছবি
কত রঙ বেরঙের কাহিনী।

কত দুঃখ কত বেদনা
কত হাসি কত কান্না
কত মান কত অভিমান
কত অভাব কত অনটন
সবইতো রেখেছি যতনে
অতি সুপ্ত মনের গহনে
স্মৃতির অফুরন্ত উদ্যানে।

গতিময় নদীর স্রোতে
কিছু স্মৃতি ভেসে গেছে।
কালের ঢেউয়ের আঘাতে
স্মৃতির বাঁধন ভেঙে গেছে।
তবু যা কিছু আছে
তা রেখেছি অতি যতনে
বার্ধক্যের পরিত্রাতা রূপে।
আমার হারানো স্মৃতি
রেখেছি সুপ্ত মনের উদ্যানে
শক্ত শিকলের বাঁধনে।

# রূপসী ত্রিপুরা

কত অপরূপ রূপে সেজেছ
হে মা রূপসী ত্রিপুরা।
তুমি ঋতুময়ী, তুমি সবুজ শ্যামলী।
তুমি উত্তর পূর্বাঞ্চলের
সাত বোনের এক বোন।
তোমার নেই অর্থের প্রাচুর্য
নেই কোন শিল্পের ভান্ডার।
তবু তুমি আমাদের জননী
তুমি জন্মদাত্রী।
শুধু তোমার শীতল ছায়াই
আমাদের অঙ্গ জুড়াই প্রতিক্ষণ।

মাগো তোমার বুকে ঘটে চলেছে
প্রাকৃতিক রূপের রূপান্তর।
গ্রীষ্মে মা তোমায় দেখি বিবর্ণ রুক্ষ রূপে,
বর্ষায় তুমি সজলনয়না।
শরতে শিউলি মালা গলায়
তুমি প্রানোজ্জ্বল এক চঞ্চলা কিশোরী।
হেমন্তে সোনালি পাকা ধানের সম্ভারে
সারা মাঠ তুমি সাজিয়ে তুলেছ অকৃপনে।
আর শীতে শূন্যতার আড়ালে।
বসন্তে তোমার বাহারি সাজে
মুগ্ধ করেছ আমাদের,
তাই তুমি ষড় ঋতুর লীলা নিকেতন।

মাগো তুমি রূপসী অনুপমা।
তোমার বুকে বয়ে চলেছে
কত সুন্দর অসংখ্য নামের নদী।
খোয়াই, গোমতী, ফেনী
মনু, ধলাই আরও কত কিছু।
তেমনি বয়ে চলেছে
অসংখ্য পাহাড়ি ছড়া ও ঝর্ণা।
কত বিচিত্র রঙের পাখি
কত বিচিত্র এদের কাকলি।
তোমার এরূপ দৃশ্যের সাথে
নিবিড়ভাবে যুক্ত করেছ
পাহাড়ি আদিবাসীদের
সরল স্বাভাবিক জীবনযাত্রাকে।
তোমার বুকে রয়েছে মনোহর রূপের
কত অসংখ্য নামধারী পাহাড়,
বড়মুড়া, আঠারমুড়া
লংতরাই, জম্পুই, শাখানটাং
তুমি এদেরকে অপরূপ রূপে সাজিয়েছ
তাই তোমার আরেক নাম পার্বত্য ত্রিপুরা।

মাগো তুমি অপরূপা, তুমি অতুলনীয়া।
তোমার রূপের ডালি দিয়ে সাজিয়েছ
শিল্পকর্ম ঊনকোটি, সুনিবিড় সিপাহীজলা
সবুজদ্বীপ নীরমহল, চিরবসন্ত জম্পুই -
মন্দিরনগরী উদয়পুর ও কমলাসাগরকে।
তোমার অপরূপ রূপে মুগ্ধ সৌন্দর্য্যপিপাসুরা
তাই তুমি রূপসী তিলোত্তমা।
তুমি দ্বিতীয় ভূস্বর্গ
তুমি সত্যিই রূপসী ত্রিপুরা।

# সর্বনাশী পণ

পণের দাবিতে বধূহত্যা
লাঞ্ছনা নিপীড়ন আত্মহত্যা
শিরোনামে সংবাদপত্রের
এ যেন নিত্যদিনের।

বিবাহ এক পবিত্র বন্ধন
দুটি মনের মধুর মিলন
সুখের এক বাতাবরণ
মধুময় জীবন যাপন।

পণের দাবি এত তিক্ত,
সকল বন্ধন করে রিক্ত।
দেনা পাওনার হিসাব যত,
নিয়ে আসে স্বার্থ তত।

ছেলের পিতা বসে বসে
বলে শুধু অঙ্ক কষে
কত ভরি স্বর্ণ দেবে
কত টাকা নগদ দেবে।

মেয়ের পিতা বলেন ভেবে
এত পণ কি পারব দিতে?
কিছু পণ দেব মিতে।
বড় ইচ্ছে বিয়ে দিতে।

পণের দাবি এত কঠোর
কোন বাক্য হয়না সুদূর।
বেড়ে ওঠে ক্রমাগত
সম্পদশালীর ইচ্ছা তত।

পণের গ্রাসে সর্বশান্ত,
মনুষ্যত্বের প্রায় বিলুপ্ত।
গৃহবধূর সর্বহারা,
সমাজ জীবন দিশেহারা।

সর্বনাশী পণ ঠেকাতে
চারিদিকে আওয়াজ তুলতে হবে।
পণ দেব না, পণ নেব না
যুবসমাজকেও বলতে হবে।

# পল্লী প্রকৃতি

অপরূপ রূপময়ী পল্লী প্রকৃতি।
তোমার ছায়া সুনিবিড় শান্তির নীড়
দিগন্ত বিস্তৃত মাঠ প্রান্তর
অবারিত প্রসন্ন আকাশ
স্তব্দ অতল দিঘি
পল্লবঘন আম্রকানন
প্রস্ফুটিত ফুলের সুবাস
বিহঙ্গের কলকূজন
খোলাবাতাসে প্রাণের পরশ
রুপোলি চাঁদের অলোয়
করেছ আমাদের
এক স্বপ্নলোক রচনা।

হে রূপময়ী
উদিত পূর্ব দিগন্তে
রবির রক্তিম আলোয় রাঙানো
ধেনু চরা মাঠ
স্নিগ্ধ নদীর তীর
পুকুরের ঘাট
বন পাহাড়
নারিকেল তালশীর্ষ
সৃষ্টি করেছ আমাদের
এক মোহময় জগৎ।

হে অপরূপা
তোমার রূপকান্তি
কে করিবে বর্ণন।
বর্ষার শ্যামল সবুজের সমারোহ
শরতের কাশের প্রাচুর্য
গ্রীষ্মের মেঘমুক্ত
আকাশের সুনীল রূপকান্তি
দিয়েছ আমাদের চোখ বুলিয়ে
যেন এক স্বপ্নমেদুর নীলাঞ্জন।

# শৈশব

শৈশব আমার হারিয়ে গেছে
রেখে গেছে স্মৃতি ।
মনে পড়ে অনেক কথা
বকুল তলায় ফুল কুড়ানো
লতা ফুলের মালা।
আমের তলায় আম কুড়ানো
কাঁঠালের গন্ধে মনমাতানো।
দাব দাহের তপ্ত হাওয়া
গাছের শীতল ছায়া।
ডাহুক পাখির ডাক দেওয়া
চাতকের জল চাওয়া।
ঝি ঝির শব্দ অতি মধুর
অন্ধকারে জোনাকির আলো।
সকলই যেন মনমাতানো
বনান্তরে রাখালের বাঁশি।

দুর্গোৎসবের দিনগুলোতে
আনন্দেতে বেড়ানো।
আমন ধানের পাকা গন্ধ
নবান্নের ঘটা।
ফালগুনের দক্ষিনী হাওয়া
মনমাতানো কোকিলের কূজন
বন্ধনহীন রঙের খেলা।
কবিগানে কবির লড়াই
রাতি বেলায় কীর্তন।
সকল কথায় মনে পড়ে
শৈশব আমার হারিয়ে গেছে
রেখে গেছে স্মৃতি।

# মাতৃ ভাষা

মাতৃ ভাষা
আমাদের আশা
মাতৃভাষা
আমাদের ভাষা।
এই ভাষাতেই
প্রথম বুলি।
ডাকি মাকে
মা মা বলি।
মায়েব মুখে
শেখা ভাষা
তাইতো বলে
মাতৃভাষা।
মাতৃদুগ্ধ, মাতৃভাষা
যেন সৃষ্টি
এক বিধাতা।
মাতৃদুগ্ধে
মধুর যত
মাতৃভাষায়
শিক্ষা তত।
শিক্ষার বাহন
মাতৃভাষা

নইলে হবে
অলীক আশা।
স্বদেশী শিক্ষায়
বিদেশি ভাষা
এ যেন
সর্বনাশা।
ইউরোপের
সার্থক শিক্ষা
করেছে বিস্তার
মাতৃভাষা।
জাতীয় সাহিত্যের
সম্যক বিকাশ
সম্ভব শুধু
মাতৃভাষায়।
মাতৃভাষা মাতৃভাষা
আমাদের আশা
আমাদের ভাষা।

# সংহতি

সংহতি সংহতি
জাতীয় সংহতি
হৃদয়ের শান্তি
আত্মার স্বস্তি
জাতির গতি।

সংহতি এনেছে
দেশের স্বাধীনতা
এনেছে বৈচিত্র্যের
মাঝে একতা।
বহিরাক্রমণের
বিনাশ ক্ষমতা।

বিনা সংহতি
হয়না কোন গতি
বিচ্ছিন্নতার অবলুপ্তি
উগ্রপন্থার মুক্তি
জাতির প্রগতি।

সংহতির অবদান
একজাতি একপ্রাণ।
সংহতির অবমান
দেশের দুটি স্থান
দুটুকরোর দুটি নাম
হিন্দুস্থান পাকিস্তান।

সংহতি সংহতি
জাতীয় সংহতি
সার্বিক উন্নতি
বিশৃঙ্খলার মুক্তি
দেশের সমৃদ্ধি
জাতির প্রাণশক্তি।

# মনুষ্যত্ব

জীব কুলে মানব শ্রেষ্ঠ
শ্রেষ্ঠ তার বুদ্ধিবল।
বাক্যে শ্রেষ্ঠ
চিন্তায় শ্রেষ্ঠ
মনুষ্যত্বই তার মহাবল।

মানব জনম সার্থক জনম
থাকে যদি মনুষ্যত্ব।
মনুষ্যত্ব বিহীন মানব জীবন
নেই কোন মহত্ত্ব।

যিশুখ্রিস্ট গৌতম বুদ্ধ
ছিলেন ওরা মনুষ্যত্বের পূজারী
শ্রীচৈতন্যও ছিলেন তেমনি
মানব প্রেমের পথদিশারী।

ধর্ম বর্ণ কুসংস্কার
এ নহে মনুষ্যত্ব।
দেশপ্রেম মানব প্রীতিই
মনুষ্যত্বের মূলতত্ত্ব।

# সন্ত্রাসবাদ

দিকে দিকে চারিদিকে
বারুদের গন্ধ।
উগ্রপন্থা সন্ত্রাসবাদ
হবে না আর বন্ধ ?

শান্তির বাতাবরণ
হয়ে গেছে শেষ।
সন্ত্রাসের বিভীষিকায়
ছেয়ে গেছে দেশ।

মানুষ কি নেই আজ
মানুষের জন্য
মানুষ মারিতে মানুষ
ছুটে হয়ে হন্যে।

সারা পৃথিবী আজ
ধ্বংস যজ্ঞে মাতে
ক্রন্দনের রোল শুনি
দিনে ও রাতে।

এ হিংসার অবসান
হবে কি কোনদিন ?
দুর্দিন কেটে গিয়ে
আসবে না সুদিন ?

# ড্রাগ

নেশা নেশা
ড্রাগের নেশা
সকল নেশার
শ্রেষ্ঠ নেশা।

এ নেশায
তরুণরা মগ্ন।
ভেসে গেছে
সমাজের স্বপ্ন।
এদেশ আজ
সত্যিই বিপন্ন।

ড্রাগের উৎপত্তি কলম্বিয়া,
ব্রাজিল ও বলিভিয়া,
আমাজন অববাহিকা।
ড্রাগ এখন বিভীষিকা।

এ নেশা
এত কঠোর।
কোন যুক্তি
হয়না সুদূর।
গুনে শুধু
অন্তিম প্রহর।
ইচ্ছা যেন অপমৃত্যুর।

বিশ্বগ্রাসী ড্রাগ ঠেকাতে
দেশে দেশে
দিকে দিকে।
বুদ্ধিজীবী, ছাত্র ছাত্রী
ফেস্টুন হাতে পদযাত্রায়
হচ্ছেন সোচ্চার
নেশার ত্যাগে।

কালীয় নাগী
ড্রাগের বিরুদ্ধে
সকলকে এগিয়ে
আসতে হবে।
ড্রাগ নেব না, ড্রাগ নেব না
যুবসমাজকেও বলতে হবে।

# আমার প্রিয় বাগান

আমার বড় ইচ্ছে ছিল
একটি বাগান করা।
ফুলে ফুলে প্রস্ফুটিত
পাখির কল কাকলিতে মুখরিত
চিরবসন্ত
যেন নন্দন কানন।

কিন্তু তা কি সম্ভব?
মনের গহনে গহনে
সুমধুর স্বপ্নে
কল্পনার চিত্রনে চিত্রিত
সেই কানন
বাস্তবে রূপ দেওয়া।

কিন্তু মানুষের অসাধ্যতো নেই
নেই কোন কর্মের বিকল্প।
চেষ্টাতো কৃতকার্যেরই লক্ষণ।
তবে হতাশা কেন?
আমার মনে মনে।

বাড়ির সম্মুখে আছে
ছোট একটি মাঠ।
তাতে কেন হবেনা
সেই কল্পনার চিত্রিত কানন।
এই ভাবি মনে
স্বপ্নের বঞ্চিত রূপায়নে
হাত বাড়ালাম কর্ম সম্পাদনে।

অবশেষে বাস্তবায়িত হল
ফুলের চারায় শোভিত
চারদিক বেড়ায় ব্যস্তিত
সেই বাগান
আমার প্রিয় বাগান।

# সূর্যোদয়

ভোর বেলা পূর্বাকাশে
ওঠে দিবাকর।
সোনার বরণ স্নিগ্ধ তপন
দেখতে মনোহর।

ধীরে ধীরে অরুণ প্রভা
ছড়ায় নীলাকাশে।
গহন গিরি সিন্ধুতেও
আলোর বন্যায় ভাসে।

দিনমণির উদয় যেমন
স্বর্ণ থালার মত।
বৃক্ষের ফাঁকে সরিৎ তীরেও
দেখায় উজ্জ্বল তত।

সূর্যোদয়ে দিনারম্ভ
সকল কর্মের শুভারম্ভ।
সূর্যাস্তে দিনের অন্ত
সকল কর্ম হল ক্ষান্ত।

# বিশ্ব কল্যাণময়ী শান্তি

শান্তি জীবন সৃষ্টিসঞ্চারী,
ধ্বংস ধ্রুবত্বের প্রতিকারী।
শান্তি প্রেমের ললিত মন্ত্র,
বিশ্ব কল্যাণশক্তির যন্ত্র।

শান্তি নহে বিধ্বংসী বিস্ফোরণ
নহে আর্তের ক্রন্দন
নহে যুদ্ধের বীভৎস বিভ্রম।
শান্তি রচিত করে
সার্থক মানব জনম।

# পাগল

পাগল পাগল পাগল
এই পৃথিবীতে
আমরা সবাই
হরেক রকমের পাগল।
কেউবা ভাবের
কেউবা প্রেমের
কেউবা অর্থের পাগল।
এই পৃথিবীতে
আমরা সবাই
হরেক রকমের পাগল।

ভাবের পাগল
ছিলেন ব্যামা
ছিলেন তেমনি
রামপ্রসাদ,
রামকৃষ্ণও
ভাবের পাগল
জানে সবাই
এ কথা।
এই পৃথিবীতে
আমরা সবাই
হরেক রকমের পাগল।

প্রেমের পাগল
ছিলেন চন্ডী
ছিলেন তেমনি
শাহজাহান।
প্রেমের কীর্তি
তাজমহল,
কে না জানে
এ কথা।
এই পৃথিবীতে
আমরা সবাই
হরেক রকমের পাগল।

অর্থের পাগল
আমরা সবাই
এ কথা কি
বলা দরকার?
অর্থই যে
অনর্থের মূল
আমরা সবাই
ভালই জানি।
পাগল পাগল পাগল
এই পৃথিবীতে
আমরা সবাই
হরেক রকমের পাগল।

# ঘুম ভাঙানো গান

ওঠো জাগো
দেশবাসী
লেগে পড়ো কাজে।
এ জগতে কেউ ঘুমে নেই
আমাদের ঘুম কি সাজে?
দিতে হবে সিন্ধু পারি
চিত্ত হবে আমাদের এক
জানতে হবে বিশ্বের গতি
কোন পদক্ষেপে চলছে ওরা।
মাতৃভাষা জানবো আমরা
দেশমাতৃকাকেও চিনবো আমরা।
বসুমাতা কেঁদে কেঁদে
চেয়ে আসে সকলের দিকে
জননীর সহায়তার তরে
যেতে হবে এগিয়ে সকলে
হে দেশবাসী।

# কর্ম

কর্মই শক্তি
কর্মই মুক্তি
কর্মতে পূর্ণ হয়
জীবনের আসক্তি।

কর্মই মহৎ
কর্মই সৎ
কর্মই জীবের
সার্থক জগৎ।

কর্মই সাধন
কর্মই ভজন
কর্মের মাঝেই
ভগবৎ দর্শন।

কর্ম বিনা
নাইকো শান্তি।
কর্মই জীবের
সকল প্রশান্তি।

কর্মই জীবন
কর্মই জ্ঞান
কর্মই মানবের
জীবন দর্শন।

# আমি কবি

আমি কবি
দুঃখী জনের কবি।
আমি লিখি
দলিত শ্রেণীর গান।
লিখি নিপীড়িতের ইতিবৃত্ত
যারা শোষিত ও লাঞ্ছনাতেও
নীরবে সহে।

আমি কবি
দুঃখী জনের কবি।
পুঁজিপতিদের নিপীড়নে
যাদের জীবনে
নেমে এসেছে আঁধার।
বৈচিত্রময় জীবনেও যারা
পায়না সুখের আলো।
অফিস আদালত স্কুল
ধনীর সুখের প্রাসাদ
গড়ে তুলাই হল
তাদের জীবনের
একমাত্র লক্ষ্য।
আবার ওরাই এনেছে
তাদের উপর
যতসব শোষণের আঘাত।

আমি কবি
দুঃখী জনের কবি।
ধনী শোষকদের
নির্ম্মম ইতিহাস
পৌঁছে দেব
সকল পাঠকের নিকট
আমার লিখনীর দ্বারা।
আমার মত পাঠক যারা
পড়ে তখন বলবে তারা
ওহে বিশ্বমাতা,
তোমার বিজয় মালা
পড়াও ওদের গলে।

আমি কবি
দুঃখী জনের কবি।
আমরা দুঃখকে
করিনা ভয়,
কর্ম্মের মাঝে তারে
করি যে আমার জয়।

# বিরহ

বিরহ তুমি অনন্ত
তুমি দুর্বার
তুমি প্রেমের রূপকার
তুমি স্রষ্টা
প্রেমের সঙ্গিনী।
প্রেমিক প্রেমিকার
সঠিক পথের দিশারী।
তোমার আলোতেই
প্রেমের সার্থকতা।
তোমার সৃষ্টির উদ্যানে
বিকশিত হয়েছে
কত অমর
প্রেমের কাহিনী।
সেলিম আনার
চন্ডীদাস রজকিনী
মমতাজ শাহজাহান
আরো অনেকে।
তাদের প্রেম
অনড় ও অনন্ত।
তুমি সৃষ্টি করেছ
তাজমহল।

প্রেমর অমরবাণী
পৌঁছে দিয়েছ
ভবিষ্যৎ প্রজন্মকে।
যক্ষের বিরহ
রাধিকার মানভঞ্জন
কৃষ্ণের উন্মাদনা
রাম ও সীতার সংলাপ
সকলি তোমার অবদান।
তুমি ভালবাসার জনক।
তোমার রচিত পথেই
সৃষ্টি ভ্রাতৃত্ববোধ ও প্রেমবন্ধন।
তাই বলি
বিরহ তুমি অনন্ত
তুমি দুর্বার
তুমি রূপকার
সঠিক পথের দিশারী।

# বর্ষা

তৃষ্ণার শান্তি, সুন্দর কান্তি
নিখিলের সন্তাপভঞ্জনকারিনী
নব - অনুরাগিনী বর্ষা
এসেছে ঋতুরঙ্গশালায়
আপন রূপ - রসের
কলাপ - বিস্তারে,
সুরমূর্চ্ছনায় অমাদের
হৃদয় ভরিয়ে।

গ্রীষ্মের দৃষ্টির বহ্নিবৃষ্টিতে
যখন কৃষানের শুষ্ক কণ্ঠ
চাতকের জলের আর্তি
তখনই নবীন মেঘের
সম্মোহনী ধ্বনিঝংকারে
আশ্বাসের বাণী নিয়ে
আসে বর্ষা
পৃথিবীর বুকে।
হয়ে ওঠে সে
ভুবন - ভরসা।
ভরে ওঠে
সবুজের সমারোহে দিগদিগন্ত।
বনান্তরে মুখরিত হয়

পাখির কল - কাকলি।
কৃষকের চোখে লাগে
স্বপ্নের মায়াঞ্জন।
মাঠে মাঠে চলে
ধান বোনার পালা।
কেয়া, কদম, কামিনী, জুঁই
নানা ফুলেরজলসাই
করে চারদিক সুন্দরের অভিষেক।
ভরে ওঠে দিগদিগন্ত
পেয়ারা, জাম ও আনারসে
শ্যামল সুন্দর রূপে।
বর্ষায় আসে বন্যা
আসে ব্যাধির প্রকোপ
তবু বর্ষা
সুখে - দুঃখে অনন্যা।
বর্ষা সাজিয়ে তুলে অপরূপে
আমাদের জীবনের পূজা - প্রাঙ্গনকে
রথযাত্রা, মনসা পূজা
জাতীয় উৎসব
খারচির মধ্য দিয়ে।
বর্ষা জীবনদায়িনী
জীবধাত্রী ঋতু।
সে মনোহর,
সে স্নেহশালিনী বিশ্বমাতা।

# ঝড়

মেঘ করেছে ঈশান কোণে,
আসবেরে ঝড় পৃথ্বী সনে।
কালি মেঘে ঢেকেছে গগণ,
হু হু রবে বইছে পবন।
ওড়ছে ধুলো, ওড়ছে বালি,
চারি দিকে নাইকো খালি।
সকল খেলা বন্ধ করে
ছোটছে ছেলেরা আশ্রয় তরে।

এলোরে বৃষ্টি, এলোরে ঝড়
বজ্রের নিনাদে কাঁপছে ভুধর।
ঝড়ো হাওয়াই দিচ্ছে দোলা,
সাঙ্গ যেন বৃক্ষের লীলা।
ওঠছে কেঁপে মানব ভবন
কাঁপছে তেমনি সুন্দর ভুবন।
মানব হৃদয় ওঠছে কেঁপে,
কাঁদছে ভয়ে মনস্তাপে।
ঝড়ের নৃত্য হল শান্ত
সকল ভিতি হল ক্ষান্ত।
ঝড়ের তান্ডব থাকবে মনে,
ভুলবেনা মানব কোন দিনে।

# সাক্ষরত

জ্ঞানের প্রদীপ জ্বালো
করো নিরক্ষরতার পথে আলো
দেশ সাক্ষরতা করব বলো,
সাক্ষরতা অজ্ঞতারই আলো।

অজ্ঞতার তিমির ছায়ায়
কেটেছে অনেক কাল।
আর নয়, আর নয়
ও কালের সাথে আর
মিলবেনা তাল।

এসেছে জোয়ার মানব মননে
অজ্ঞতার অভিশাপ নির্বাসনে।
থাকবেনা আর নিরক্ষরতা,
এ দেশ হবে পূর্ণ সাক্ষরতা।

# সুন্দরী পৃথিবী

সুন্দরী সুন্দরী
অপরূপ সুন্দরী
গ্রহ সুন্দরী পৃথিবী।
বিকশিত তোমার প্রকৃতি
গভীর বিস্তৃত মহাসমুদ্র
গগণচুম্বী পর্বতমালা
উদার নীলআকাশ
গহন অরণ্য
বিচিত্র জীব - জন্তু
বৃক্ষলতা
সবুজ প্রান্তর
ঋতু - বৈচিত্র্য
এসকল তোমারি
সৌন্দর্যের উপাদান।

হে মনোমুগ্ধকারিনী
তোমার প্রকৃতি রূপের
আধার মাঠ - ঘাট
জল - আকাশ
পাহাড় - বন
সৌন্দর্য পিপাসু মানুষকে
দিয়েছে হাতছানি চিরকাল
তাই ওরা

পড়েছে বেরিয়ে
অজানাকে জানার
অচেনাকে চেনার
আপন ছোট
শান্তির নীড়
বাসগৃহ থেকে।
হে গ্রহসুন্দরী
তুমি বিলিয়েছ
প্রকৃতির অপার সৌন্দর্য
সৃষ্টির মধ্য দিয়ে
তেমনি প্রকাশ করেছ
বন্যা খরা ভূমিকম্প
ঝড় - তুফান তুষারপাত
ধ্বংস বিভীষিকার
ভয়াল চেহারাকেও
যুগে যুগে
দেশে দেশে।
তাই তুমি
সৃষ্টি ও ধ্বংসের অনন্যা।
সুন্দরী সুন্দরী
অপরূপ সুন্দরী
গ্রহসুন্দরী পৃথিবী।

# বসন্ত

বসন্ত এসেছে দ্বারে
মাধবী মালতীর সুরভি ছড়ায়ে
দখিনি মৃদু মলয়ে
দিয়েছে চুম্বন কম্পিত কিশলয়ে

ঋতুরাজ আগমনে
বিকশিত শিমূল বনে
ভ্রমরের গুঞ্জনে
জেগেছে হর্ষের হিল্লোল
দেহ ও মনে।

বসন্তে দোলের দিবসে
হোলি উৎসবে মাতে
ছোট বড় বৃদ্ধ যুবা
মেতেছে রঙের খেলাতে।

অপরূপ পলাশের বনে
কোকিলের কুহুতানে
সুমধুর এ ভুবন
হেরিনু মোহিত নয়নে।

# মানব দরদী বৃক্ষ

জীবের সঙ্গী
নিখিলের কান্তি
যুগান্তরের রূপসী
সবুজ শ্যামলী
বৃক্ষ অটবী।

তুমি সমীরণ নির্মলকারী
মুক্ত সমীর প্রদানকারী
ধরিত্রী উর্বরা
ঋতুচক্রের চিরবৈচিত্র্যময়ী
পুষ্পসম্ভারে শোভাময়ী
সুন্দরী শাখী।

মানবের কুঠারঘাতে
হয়েছে বৃক্ষহীন অবনী।
নিয়েছে বিদায় বর্ষাসুন্দরী
এসেছে গ্রীষ্ম চিরস্থায়ী
যেন মৃত্যুই একমাত্র বিধিলিপি

তুমিই করেছ দূষণ মুক্তি
করেছ জীবন পরিবেশ সৃষ্টি
মানব সভ্যতা সংস্কৃতি
অন্ন-বস্ত্র-ওষধের গতি।
মানব দরদী বিটপী।

ওগো মানবের বন্ধু
তুমি করুণার সিন্ধু।
আমরা তোমার প্রাণে প্রাণবান
তোমার তেজে তেজীয়ান।
গড়ব আমরা স্নিগ্ধ পৃথ্বী
তুলব ভরে সবুজ বনানী।
তোমার গুনে মুগ্ধ কবি আমি
অর্পিলাম তোমারে প্রণমি।

## শরৎ

শুভ্র মেঘের ঘনঘটা
শুভ্র বসন পরিহিতা
শারদলক্ষ্মী এসেছে দ্বারে
হিমের পরশ লেগেছে ভোরে।

নদীর ধারে কাশের বনে
মৃদু মন্দ সমীরণে
ফুটন্ত কাশফুল
দোলছে ক্ষনে ক্ষনে।

শরতের সুন্দর কাননে
প্রভাতে শিশির সিঞ্চনে
সোনালী কিরণে
মধুর মূর্তি
হেরিনু মোহিত নয়নে।

সুগন্ধী শিউলি ফুলে
গিয়েছে ঘুম ভুলে
শুভ্র জ্যোৎস্নার শারদের রাতে
এ শ্যামল ভূবন
বিকশিত অমল শোভাতে।